# উমং লাই খুন্দা

অল মনিপুর উমং লাই হরাউবা কমিটি
ঊরিপোক নাওরেমথোং ইম্ফালগী উমংলাই
অমসুং মৈতৈ ইমাংকা ওইবা থা
৩/৩গী চেক্লোং




সম্পাদক :— খুমেম চন্দ্রশেখর সিংহ "পণ্ডিত"
"সাহিত্যশিরোমণি" "নেশনেল ফেলোশিপ
রিসর্চস্কোলর"

---

১বা চহি     মমল্—লুপা ৩·০০     মশীং—২/৩ সুবা

---

Regd No. .DC (C)/10/60/J/78

# ১২শুবা চহিগী মীকপ অমস্তুং ৫শুবা

# মাইচৌশিংগী নিংশিং লুমিৎ

তাং ২৬ । ৩ । ১৯৮০ ইং নুমিৎকৈশা শকিবু থাগী ১০নি পামবা

মতম :—নুংথিল পুং ২ তাবা

মফম :—শ্রীকোংব্রাইলাৎপম জীবকেশোর শর্মাগী মাঙন

মাইরেম্বোং, ইম্ফাল

শ্রীযুক্ত ............................................................................................................

মাং —————————————— লৈবগী মফমদা

থোরক্লা নিংশিংজরি — ওল মণিপুর উমংলাই হরাউবা কমিটিন শরাংবা কমিটিগী ১২শুবা চহিগী মীকপগা লোয়নবা ৫শুবা মাইচৌশিংগী নিংশিং লুমিৎ পাংথোকচগনি।

থৌরম অসিগী সভাপতি :—রাঃ কুঃ মাহল (বিকম)

প্রধান অতিথি :— মীনকেতন সিংহনা ওইবিগনি। অহল-লমনশিংনা মতমদানা লেংবিরক্লবা থৌরম পরেং অসি পাংথোক্লবা হোৎনবদা তাবক ওইবিরমবা থোরক্লা নিংশিংজরি।

থৌরম পরেং :—

১। প্রধান অতিথি ১দি সভাপতি ২ন মফমদা লেংশিনবা।
২। সেক্রেটরীগী রিপোর্ট
৩। বা তাংবিগদবা :— ১। কুলচন্দ্র সিংহ ২। জোগেশ্বর সিংহ
৪। সম্মানিত উপাধি পত্র য়েথোকপা।
৫। প্রধান অতিথি ১দি সভাপতিনা বা তাবা।
৬। থাগৎ বাহৈ।

থোক্লুকচরিবা :—

| | |
|---|---|
| এম. ইবোতোম্বী সিংহ<br>সেক্রেটরী<br>ওল মণিপুর উমংলাই হরাওবা কমিটি | এল. অচৌ সিংহ<br>কনভেনর<br>৫শুবা মাইচৌশিংগী নিংশিং লুমিৎ |

নং — হিরম লামাই



তাং ১৬ | ৩ | ১৯৮০ ইং শজিবু থাগী ১০ নি পানবা য়ুমশকৈশ স্নুমিত্তা লৈখিত্রবা লোংজম গোপাল সিংহ পণ্ডিতপু নিংশিংজবা ওইনা "৫ শুবা মাইচৌশিংগী নিংশিং স্নুমিং" পাংথোকচরি।

লৌযননা "ওল মণিপুর উমং লাই হরাউবা কমিটি" রেজিষ্টার নম্বর ১০৪৪/৭২ গী অমত্তা ভাইরবা চেফোং 'উমং লাই খুন্দা' পত্রিকা মফমদা কংচরি।

হরাউনা লৎনবা লৈত্তনা লৌবিয়ুকো।

অদোমগী :—

চন্দ্রশেখর সিংহ

সম্পাদক

২৩ | ৩ | ১৯৮০ ইং


ওল মণিপুর উমং লাই হরাউবা কমিটিগীদমক্তা সম্পাদকনা সোল প্রেস শীংজমৈ ইম্ফালদা নম্নগা ( কমিটিগী মহুৎশিন্দুনা কোংদোকচবা

কপি মশীং :—৫০০

লৈশাংথেম্লোনদী :— লিলগি লৈমন খুম খুম হাহা। খুম খম লৈমন রনুনে। শিনবী লৈম লৈতেং নিংথৌ চন্নুন নিংথৌ কাংব কাওথল। লৈন তাম্নুম খারোং। ছুয়মু লৈমন লম্লেক্শাং হাও ওইব, চীঙ্বকান পাময়ানবগ, নুঙঙৌ য়ীমথংবগে তোনবা থেং-গোইবগা অহুম্ম পোকরে। লম্লেক্শান হাও ওইখিয়ে। নুঙঙৌ য়ীমথংবন লৈশাংথেম্ শুইরওয়ে। তোনব থেংগোইবগি ঈদী লোক্-তোনবম্ ওইখিয়ে।

মোইরাংলোন্দী :— লৈফূরেল চন্নুন য়ুকৌরেল। লৈথম্লেল চন্নুন সনা খিং খিং লাংবা। লৈনুং য়ুপুরোয় চন্নুন হেবু কংচীকুপ। লৈনুং য়ুনাউরোয় চন্নুন উরেল হনব। লৈনুং য়ুচাখা চনু ঙাংশবীন ঙাংনিঙশিংগ ঙাংহুন থোক্ক অনাম পোকয়ে। ঙাহুন্থোক্ন থোকচোম পোকয়ে ॥

খাচরোন্দী :— লৈপীরনন তওরিনখা। লৈমথলেনন তওরে-ল্খুব। লৈবাংনিংথৌ চন্নুন তওখারেল। লৈথনলেল চন্নুন তও-তিতও। মহৌ নিংথৌ চন্নুন তওতাংতোন্। খাবীন খাব লৈরোল্। লৈশংলেনয়ে ॥

ঙানবরোন্দী :— লৈচীক্ নিংথৌ চন্নুন ঙানব লৈচীকচীক্লিব। লৈথম নিংথৌ চন্নুন ঙানব লৈথম থম্লিব লৈনুং য়ুচাখা চন্নুন ঙানব য়ুচাখা। লৈনুং য়ুপূরোয় চন্নুন ঙানব য়ুপূরোয় পুরোয় লেমনুশূন ঙানব খমচাঙকোলগ মনাও খুনুরোঙগ অনী পোকয়ে ॥

ইত্তাউরেনন অমরক হ্রবদি কোঙগোইনে, তেমানে, য়াংমনে, তেসারোংনে, উরেল খুবনে, উরেলহনবনে, ঈরেমনে খাবীনে, লংবনে মাপলম পোকয়ে কোঙগোইন পোং ওইখিয়ে। তেমান মৈতৈ ঙানবীনে য়াংমন য়য়াং পেকেয়ে। তেসারোংন তখেলনে। উরেল খুবন কুণ্ড পাখান পোকয়ে। উরেলহনবন মোইরাং থোকচোম পোকয়ে। ঈরেমন তুমি পাসা পোকয়ে। খাবীন খাগি, চাইরেল অনীম

পোকয়ে। লংবন লাংতেগ মোইরাংগ অনীম পোকয়ে। মখোয় অসীগি হাকথংত চাবতি চদূম কোক্রুবা পালয়ে। ফিদা চাঙবা থীদ পালয়ে। শাদা শয়ানদ পালয়ে। ঙাসূঙ ঙায়ানদ পালয়ে। শাঙপোৎ লও পোংতি হোইরবগ চৎয়ে। হাক্তক্ অসা লোম্লবদ

মুমিংক শাখে পাখংবগ থাগি মচিদ চাক চাদন লৈব লাইগী মুনিংচা থাগি শাখৈ অনামন হৌনন মাতৈ লৈপাকত লেপলবদা, ঈশিং তবচগি মথকত লৈপাক শেমব লোইরবগ অতিংঙা শিদবগা, নিংথৌ অপানবগা লাই নাম্লৈবগা অতুগমন পোংখু নঙদা তাইবঙ পানবাক নিংথৌ তান্নরবদা অতিয়া শিদবগ নিংথৌ অপানবগদা শমিংনা কাথিবা। লৈপাক শেম লাইস্নুঙ থাদ কাথিছুন অতিয়া শিদবগা অমত্তা হৌগৎকতুন লৈপাককি শেকনিঙ হাওশম শুমবনা হনচিনখিরে। অতুবু উনদনা পোংথনন শেম্ব মীনচিংনা লৈবখিবিকতো, লেখারা চংখিবা অতিয়া শিদবা অমরক হনখৎলকলে। অতিয়া শিদবনা পাংবৎ পানবা নিংথৌ লেপাকে নিঙলদূন লৈরিঙৈদ লাইরেম্ব লৈমরেল অসুবু নংথাঙগী থোকলকতুন লৈমরেল অছুন থাদ চাক চাদন লৈব লৈপাক শেম্ব লাই অদুবু কোয়রে। তাউরো-ঙনাই কোন লোক্লকুন লাকলে। লাইরেম্ব শিদবা অদূন হায়রে। মুমিংকি ময়ায়না লৈবগ লৈরি মচুগুম্ব লাই শিদব অসীবু পূথখিছুন নংবিঙা অমত ওহন লৈপাক চাকনিনরকও হযদূন পীথরক্রবদ তাউ-রোইনাইন হায়রে। ঙসাদ পারক হায়বনে' হংলবদ লাইরেম্ব মাঙোম্দগী লাংথনন নিংথৌ লৈপাক মখোয়দ উহনলবদ অসিদ থুংলুও চায়রন পীহললবগ অনাম অমত ওহরে। নোংলুমগি মশক ওইনা লওখিরিবা লাইরেম্ব মচাকন মমিগি মতুংইনন কুমলক্কুন লৈপাকত লৈঙামদূন য়াঙামরে। অসিগি তমক য়াবিরোকও কোয়রে তাউরোয়নাই কোনদূন মাগি নিংশা নোংশিংকি নোংলৈন নোংগ লৈচিলগবু মছুম ওইনদূন য়াবিরোক্ত কোনহুন কোকলে। মচীনদা সেরা কোংতিংনুনে।

মমিং মঙাল অচৌব, মৈগুমব অদুবু উরগনে হানন লৈকু লৈরাইদ শীয়দুন লৈঙামব সোরারেল তমন চায়থাকহুন খমচিংহানন কবিগি মশক ওইন অরারেলবু থেমথোকলুয়ে। থরারেনন হায়ে। এদা খোকউগরোই হায়দুন পোইরৈতোনবু লৈন উগাবা চেননহুন থোক-হনখিয়ে। লৈনাউতাবাগি থেরাঙন মান শেংবা খৈবিকস্তুঙ তাইবঙ কৈরজানব খৈবিকস্তুঙ পুম্নকহুন খুনলিঙলম হানন খোকডানয়ে। লাইথুরোনবাসু লৈন শাহুন লাইসনা বৌন অপানবদ খুংশিনরে। অহুগ পোইরৈতোনস্তুঙ খুনমাঙলম থোকশনরে। পোইরৈতোনন পুরকপ মীনচিংন খুংগু খুংলাই, শেংন পাংন, অচা অথক খৈবি-কতো ঙমন অপানবদ কংলে। অদুগ পাশংব তাউরোয়নাই অনীম অমহা ওইরে। লিনগি মশক ওইন অরাং ফাংলও তানন কাখিহুন মকম অহুদ থৌরম অয়াম তৌরবগা পাশংবস্তুঙ মীগি মশক ওইহুন মিংথৌ অতাঙবগি মশক ওইরে। পুম্নন নোংথোন, লৈপুল চপশাঙ, সমা ইনচম অমাই অশেং, ফিরাঙহোন, তানন মলবা পোউলাঙ মানবী, খুংগু খুংলাই খোয়াই য়াঙন নিংথৌ পোংলাই মশাং ঙুং হনচৌঙদ লৈব হাও ফত্তব খৈবিকপু থাঙবায়ানন পুমিং য়ুংথাকপা হনচৌঙদগি কুমলকলে। চাঙমৈ ইনন কুমলক্তুন নোংহুম শঙগি লশয়ানকাদ থুংলয়ে। আরামবমন ঙৈক্লয়ে অশংবমন খোঙহাময়ে। লাই মঙামন পো তৌহুন ফগপাল কাহলে। নিংথৌ ওইরবগা অহিংদি মীগি মশক ওইহুন লাইনাগ পালগম্ময়ে। নোংখিনদা লাই ওইহুন লাইগি থৌ তৌয়ে। অস্তুমন নিংথৌ ওইহুনা চাহয় কুমশিং য়ামন পললময়ে অস্তুমন পুমিংকৌ শাখৈ পাথংবন মীতৈ লৈমাক নিংথৌ ওইব থৌয়ে॥

---

# লোইয়ারাকপা

ঙাৱিয়াম্বম কুলচন্দ্র সিংহ "মাইচৌ"

থাংমৈ মায়হনবা নোংপোক য়াইরং অতোনবা শয়েন তাংগম য়াদা চিকপা লাগোই মোইশা অয়াংবদু লাংগোই থুনেংনবা কোয়ৌ নোং শগোল অপাম্বা লাংগোই ঙৌবা হেনবা শা-মরি পানবা। শুমাং য়াইবুং মথক্ত নোংলেন্‌না মরাং হৌবদা লাংগোই থুরুপ হৌবদু থুরুপ মাপন হৌবদা লাংগোই খোংথুল তাদবা শা মায়জিং লাংগোই শগোলদি হৈঙাং পাংতা চাকতাবা হিংঙু মাগা শাগোনয়কই হায়-বগি শাগোল কৌই হায়দবরা। চিংঙু য়েংলৌতৈঙে শাবোল মিননরকপি খোইমোম/মশানৌ য়োইবু তম্ফা লিহৌনরকপিগী ইনুং শিয়োমমুং পায়মা খোইচি লাকলো ফিরাল ঙৌই লোইতাম কুমশিং নাউপুরকপনা তাইবং পানথোং য়াইদা নাউরা থাদা পমনা পলেম মমা পোকমাপি খোইমোম পানথোইপিনা নাউরা নাউয়োকলকঙৈদা লাংহৈ কুমশিং নৌনা কুমচা মচিনঙৈতা নাউরা মপিচালকতাকি লাকঙমলকতবদু কৈরোই মিংথোন ফংবা খোয়য়ুম মপা'রনে মপল মার থাংমৈ হনবগা পলেম নাউয়োকলকপি তম্ফা য়াঙমলোন মপন্‌ পান্থোইবিগা পলেম পন্থোনা নাউরা মাবু য়েলগৌ মিংথোল কোলোই-নবদি চিঙঙু ঙোলোং খোমপাও: তৌনা কোলোই মিংথোননথিয়ে হায়দবরা। কৈরোই থুনপান লাননা মিংথোনলকপনা নাউরা নহালকতগি ঙোলোং খোমপানা হকনা খোইয়ে হায়বদু কদৌ-নোংগি খোইবনো হায়দবরা।

নাউরা লকতগী লাকনা ফানা ঙমদে কৈরোই মযাননাবনা নাউরা থেংনা তিনবা শিংদগীদি ঙোলোং খোমব তানফং ঙমদেএ হায়বাবু

কৈরোই লাননাচিংথাং নৈয়ে। মার থাংগৈহনবাগি মপারি তোলোং খোমপদি নাউরা নাহাললকতগি উমিং তোন তারা হনকুমনা চিংজু মামানবা নাউরা নাহালকতগি খোইবনে হায়বগিবু কৈরোই মিংথোনরকপদি নাহারাকপাও খোননৈয়ে হায়দবরা অত্তুসং মদোমদে। লোকদাম মহুংরোল লাংহৈ কুর্থশং ওললকপগিবু নাউরা কাংখোং ফারকপগিবু লেমনৈ তাদা তাবা নোংশাস চিংজু মপিচা লকতগি খোয়ুম মমানবশিংদগী লেমনৈ তাপুং লোই হায়বগিবু লেমনৈ লাকপা লৈশোং পামবাও তোনা কোই হায়দবরা। অত্তুসং মদোমদে চিংজু মানা পাখং রাংগেল মখোং ফায়লাবাগিবু চিংজু মমাননাবা লকতাগিবু হাউমুরু (মুকনা) লেংকাইচল্ মোংপা তাচিল্ খুরৌয়েৎ থকলেন লেংকালৌ চরৈ কিপাইহৈনা শামু নমকল লৈতারক পকিপু চিংজু মামারবা লকতগিবু খোইরকলবগি চিংজু মানা খোইনা লাকঙমদে হায়বগিসু মতোমদেয়ে। চুংলেন লকতা হুকনা তিমেন খোশা খোইবনে লোইবি হাউয়ুম য়িংনাক চাম্পা তাবা লমবু লোকমাই থুদিং খোশা খোইনা রাইরা শাদা তাবা নোংসু রাইরা লায়ামফা। হুরেল লানতা নোংগিবু হুয়েন লানফা তৌহয়ে হায়বগিবু খোয়ুম লাইয়াম পুন্নমকনা চিংজু কোলোই মাগি কোলোই মিংহুন তমনৈয়ে। কোলোই মিংলেন খোনবরকতগি তোপ তোপ্পা হুসলাননা মিংথোন লমতেয়ে। চিংজু মাগী কোলোই মিংলেন রাম্বারকতকিবু অসুম্না মিংথা কোইলোইনেয়ে হায়দবরা। কোলোই মহাকতি নাহারাকপা তোলোং খোমবা। লেমনৈ লাকপা লৈশোং পামবা লোইবি হাউরামলকতগি অকল অখোবাবু ফানা তাংজা মশমতোনবু খোমতুনা ককথংলমই হায়বগিবু হাউমারককী কনবা ফাবা হলককী তায়খোমবা লোইচিং লোইয়ালাকনা তাংজা মাইপাক ফংলে হায়বাগিবু লোইয়ারাকপাও খোননৈয়ে অত্তুসং মদোমদেয়ে। লোকমাই থুদিংগী খোশাবগি রাইরা শাচিলথং হুয়েন লানাচং খোবগিবু লোইয়ারাকপা

লান নংঙা নোংদা কৌবা মশাইকোন্দা তেংনৌ য়েংথাদনা মার থাংমৈ হনবাকি মোংবা খেনচং কানা কৌবা কৌম্নু অনি মানা তেংনৌ য়োংথাখিয়ে ভরেং শেনখিয়ে হায়দবারা। অগ্গমনা মপারি পোক-মাপানা য়োংথাতান মমোম ফুইনা বীনা পাখং মোংবা য়াইতা তেনো য়োংথা তমখিয়ে হায়বাকিবু তেংনৌ য়াংথা ওন্নরে হায়বগিবু চিঙঙ্ পঙ্গৌ পুমনা য়ানরে হায়বগিবু কাওগা অউন তমবা নোংদা য়ানংছুনা ওংনারে হায়বাকিবু য়ারোং ইনখিয়ে হায়তাবারা। অগ্গুন্না কৌবা কৌম্নু অনিমানা মমোম, মমোম থোতু গুংখেল লৈমাবু খোয়য়ুম লোইয়ারাকপানা লুরাং য়িমকা তমনা কৌবা কৌম্নু অনিমানা খেয়ংয়ুম লোইয়ালাপ'বু মপারি শকনা লাংকোন ফানা মমোম ইপেম্মা থোতু গুংখেল লৈমাবু কৌবা মরান য়াইতা লুরাং তেংনা য়িমকানা মপল কৌবা য়িমলেপ 'তমনা লুরাং মশাইকোন কৌবা ময়িমকমতা লুরাং তেংনা মরাল য়িমকখিয়ে হায়ত'বারা।

অদু নোংগিবু অরাং কৌবা কৌম্নু অনিমানা মমোম অউপ পোংতমখিববু খোইয়ুম নাইজা মশিং করম্বু রাংফতানা কৌবা মিমারাম থুকউ হংনাইতবা খোয়মোম কৌনু লাইরেম্পিগি মশাইকোন কৌবা লোকলেন কোন কৌম্নু ইঙোলোক কৌবা ইমুলোকলেন কোননা ওয়ওই নাতৈ'না কৌবা চিংলেন নাপোমমতি মপারি শকনা লাংকোন ফাবা চিঙঙ্ লোইয়ালাকপা খোয়য়ুম লানচং থোবাগি চিংলেন লমচিং চিং কৌবা চিংতোন্ পোক কৌবা মিমারাম থুকউ হংনাই তাবানা খোয়য়ুগ খোংশঙ্ রাই অসিবু চিঙঙ্ লোইয়ারাকপাগা মমোম ইবেম্মা থোতু মুংখেল লৈমগা চিঙঙ্ অনিমাতা মমোম ললউনখিয়ে হায়বগিবু কৌবা চিংলেন নোংগা শোইফদনা মমোম ললউন চিংনে হায়বগিবু চিংলেন কোলোইখিবদি কৌবা ললউনচিঙ থাংরাই পারি য়ুমহোংচিঙ্ চিঙঙ্ মশানৌ ভানফং চিঙ্ কৌবা ইরোক লাইচক্ চিঙ্ কৌবা লোকলেন কোন হংকোক নারিল হাথা লোকপু

ভুমলোননা কৌবা লোইয়া চিংতোমপোক থৌতু মুংকান থাবাচিং তেলরা, উরিংকোন। পাম্নেন উফ কোন। চিংলেন খুৎরকতৌ লোইয়া লাল লাললু মথেন হায়রোইকা'চঙ শমতং ওনথা শারোল লোক। লৈমুং থোঙতা লৈখুন চিঙ্'পি লোকখন'চঙ্ নাপি নাপোকচিঙ্ শিংবি শিহুন শিংথাচিং লংথালৈ লৈহুনলোক শিঙেল লৈয়োকলোক। লৈরাং লৈমান লোক। কাউরেন খুনাম শনবী লোক। কৌবা পোংলেন লোকপু লোকমাই থাকংলোক। থৌতু মুংলৈনা মুঙচাম-লোক কৌবা চিংলেন মিংমাইবপি লোইবি লোকথু লোকমা তৈতা-বিকিনা চিংঙ্ লোইয়া লাকপগি থৌশা ভুক্ক'লোক লাইকং য়ানা লোক। উরেন কৌব উনপোকলোক মালং চৈয়োই য়েনা লোক রাকৈয়ে খুমু নৈশুম লোক। শুমলেন মাইপাকপিবু শুকখুংতমনা লোক ভাম্পুম ইকৌ লাংনা লোক রাইথু ইনিপিদ লোক লাইজা ইকং ইফুংথোকতা লোক কোরৌ মশেক চংদা লোককি লোকলেন তুরেৎ শল লা'নলোক। লেনকোনবু কোনথারবদি লোকলেন থিঙম-দবগিবু অরাং কৌবা চিংকোইবা মরোলতি চিঙঙ্ উমং লাইয়ামপু খুনজা রাঁরি লমতাং অশাংবনা চিংলেন মরোল থাঙমতবগিবু মতোম-দেয়ে। অরাং কৌবা চিংশা নাপোম খুদিং মাপুং কোলোই শুনবা শৈথাদি অরাং কৌবা চাঙকোইবা কৌবা লাইরিক মতা য়েংউ। চিংমিং নাইবা থিবিকপু বাংতরানে।

## ৪শুবা মায়চৌশিংগী নিঙশিং লুমিৎ

# মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি নিংথৌগী

## মতমদা শাঁজিন্নরম্বা ফিরাল

অহব :— ওইনাম ভোগেশ্বর "পণ্ডিত"
নাউরেমথোং

তাং ১৯।৩।৮০ ইং

পৃথিবীদা তোঙান-তোঙানবা দেশ কয়ামরুম লৈরিবসিনী মচুং-ঈমা তোংঙাল তোঙালবা জাতি কয়াংরুম লৈরি। মখোয়শিংসিগী পামজবা ফিজেৎ-চাকচা চৎনবী, ধর্ম্ম, অমসুং লৈঙাকলোনগী হোৎ-নমস্থ তোঙান্নরি হায়থাসিদ খাইনস্থ থঙনরি। অদুগা মফম অমসুং লৈফমগী মতুংইন্না লম-লমগী ঈশিং, নুংশিৎ অমসুং নুংশাগী মৈশা অয়াং অৱেন নাইদুনা, পৃথিবীসিনা গ্রহ অমা ওইরবস্থ মসিদা লৈরি-বশিংগী চৎনবী অমসুং অহিং-অশাগী চাংনচিংবসি য়ামনা থেমরি। মরম অদুনা তোঙান-তোঙানবা মীওই কাংলুপশিংগী পামজবা পুন্সিংগী ঈথিলদগী লম-লমগী মার্ক (খুদম) অমমম থম্লরি। অদুম ওইনমক খুদমশিং অদু অরেম্বা ওইবা কয়া, অহোংবা নাইবা কয়াগী মতুংস্থ লাক্কবা নত্তে। অসিগুম্ব লম-লমগী মার্ক (খুদম) থঙনরিবা অদুনা কাংলুপ-কাংলুপ্পুগী মশাগী ওইবা ফিরাল ওইনা শাঁজিনৈ। মতৌ অসুম্না পৃথিবীগী জাতি কয়াসিগী লৈনরিবা ফিরালশিংশি ১৬০ থক্কি পৃথিবীনা শকথঙলবা ফিরালশিংসি অসি নত্তনা থঙবিদ্রবা কয়ামস্থ লৈরমখিগনি। অসিগুম্নবা পৃথিবীনা শকথংলবা ফিরালশিংগী লৈবাকশিং থরা লৌখৎপা ভারবদা ১। আফগানিস্থান ২। আলবেনিয়া ৩। আলজেরিয়া ৪। এন্দোরা ৫। এংগোলা ৬। আর্জেন্টিনা ৭। অষ্ট্রেলিয়া ৮। অষ্ট্রিয়া ৯। বাহমাস ১০। বাহ্রেন ১১। বাঙ্গলাদেশ ১২। বারবাদোস ১৩। বেলজিয়ম ১৪। অমসুং ভারত অসিনচিংবা

লৈবাক ১৬০ গীদি শকখঙলবা ফিরাল ওইরি হায়বসি এনসাইক্লো পেডিয়া বৃটানিকাগী ৪০ শুবা ভোলূমদা অমুক পার্টি খাইদোক্লগা পার্টি ১০ শুবা এদেন্দা হায়না খঙনবা ভোলূমদগী লামায় ১০৫১ দগী ১০৬০ কাওবদা মরেক শেংনা ইরি। অসি নত্তবা দেশ দেশকী মনুংদা দল কয়ামম্ভু লৈরি মখোয়গীম্ভু অমুক মাগী কাঙলুপ্তুগী (পার্টিচুগী) মশক খঙনবা তোঙান-তোঙানবা ফিরান লৈনরি। মচুগীদমক মথৱাই বলিদান তৌরিবনি। অসুম্ন শকখঙলবা দেশ কয়াসিগী তোঙান তোঙানবা ফিরালশিং অসি নত্তনা মীনা খঙবিব্রবশিংগী মরক্তা ঐখোয় মণিপুর লৈবাকী ফিরালম্ভু অমনি। মণিপুরনা ভারত্তা তিল্লিন্নবৈ, মনিংতম্বা লৈবাক মচা অমা ওইনা লৈরৱৈদা থায়নগী নিংথৌ কয়াগী মতমদা মথং মথং লৈনরকপন্থু তোংদোক তোংজিন তৌরম্বা য়াই অদুমকপু লাম্না ফংবা খরদগী মরমদা হায়বদি ইনিংথৌ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ মহারাজগী মতমদা শীজিন্নরম্বা ফিরালগী মরমদা নৈনরম্বা ফিরাল রারোল খরদি লৌখচ্চরি।

শকাব্দ ১৮১২ ইং শোক ১৮৯০ বৃটিশকী লানফম অদুদম্ভু জাতি অসিগী ফিরাল মাঙথোকখি। মসিগী মমাঙদা মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহনা কাছাড় জিলাগী ফুলতোরদা দরবার লেঙবদা শীজিন্নখিবা ফিরাল অদুবু উতৌবা অহল লম্মনশিংবু কৌখৎলগা শকাব্দ ১৮৪৬ চৈত্রগী ২১ শুবা শজিবু থাগী ১০ নি পানবা থাংজা মুমিৎ ইং শোক ১৯২৪ গী এপ্রিল তাং ২৪ দা অমুক লৌনা মখাগী পণ্ডিত ৭ কা লোয়ননা ফিরালগী মনুং হুঞ্জিনবা রারোল নৈনরম্মী মচুগী রারোল মখাদা লৌখচ্চরি

পণ্ডিতশিংদি :— ১। মোইরাংথেম থাবল কয়রুংবহল পণ্ডিত অচৌবা ২। লোঙজাম্বা শ্রীগোপাল সিংহ ৩। পণ্ডিত তোকপ্যা অঙাংজাউ সিংহ ৪। অশাংবা য়োইরেনহনবা শ্রীকুল সিংহ ৫। অমাকচাম্বা য়োইরেন হিদং, শ্রীচাওবা সিংহ ৬। ফুরাইলাৎপম অতোম্বাপু শর্ম্মা

বিদ্যারত্ন ৭। অয়েকপম অঙ্গো সিংহ শেলুংবা পণ্ডিত ৭। অসিনা লেপ্পখিবা শ্রীল শ্রীযুক্ত মণিপুরেশ্বর মহারাজগী সনা মোরর ময়েক্কো ওইরিবা মওং অদুগা ফিরালগী মতৌ মওং পুস্তক অনিগী মপুং ভিংনা মচু হৈরে লৈরম্মী। মস্তু ইবা পুরানন্দ শকাব্দ ১৮১২ মণিপুর লৈবাক কায়বদা মাঙখিয়ে। অদুনা মচুশিংবু মথক উৎহোবা অমসুং পুরাণ অদু পাহৌবা পণ্ডিতশিং অমসুং হিন্দুগী পুরাণ শাস্ত্রগী হৌ-নবী খঙবা ব্রাহ্মণ পণ্ডিত শিক্ষিত ওইবা মীগা মমাংতৈগী অদুবু মুম্না নিঙশিংদুনা অমুক হন্না লেপ্পখিএ। মদুদি :— ১। শগোল অঙৌবা থা মচু মানবা অনি, ২। মৈ অশেংবা মনাগ কেস্নগা থান্নদি সুরা খোঙদোঙবৈ ওইবা হৌজিক কুশুমলৈ ওইবা ৫। থাঙ্গুরাং মচু ৬। রাজমুকুট সনামচুগা মণিমুক্তা মথল মখা অয়াম ৭ মরেক ইকম অমুবা ৮। ময়েক সনা মচু ৯ শগোল মচক থানা মচু অসিনি। অদুম ওইনমাবু মৈদিঙু চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাকুশীনি নাক অনাদা গুমিৎ অনী থোকএ। মথক্তা ১। রাজমুকুটনা থক্তু কায়এ। মথংদা ২। মবুথৌ পাখংবা মথাদা ৩। লোইদাম থাজনে। মথাদা ৪। শ্রীশ্রীযুক্ত চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ নরপতি মদুগী মথাদা ৫ সুরা খোঙদোঙলৈনে অদুগী মথাদা ৬। মণিপুরাধিপতি চাহিব ফিংথোক্লে ৭ নাক অনিদা শগোল অঙৌবা থাজ মানবা মচুনে শগোলদ মশা পাল্লে। মদুগী মথাদা ৮। সুরা খোঙদোঙলৈগী লৈন গা, লেগ, কেস্নবা মশক্তে এসিনা নাকল অনীমাদা থিলএ। মদুগী মথ দা ৯ যথ ধর্ম্ম ওথ জয়গী রাহৈনা লেঙ-দবা ময়েকনে। ১০। ফিরালগী মথক থংবা খরদা অতিয়া মচুনে ১১। খাদা সনা ফিগে মচুনে।

অসুম্না লৈরিবা মথলগী মপুং তিংবশিংগী রারোল্দি ১। রাজ-মুকুটনা সনা ফিজোম্নে ২। মবুথৌ পাখংবদি অপোকপগী থুদম্নে ৩। লোইদাম থাজদি রাজবংশগী থারানি হায়বা থঙহল্লি। ৪। শ্রীশ্রীযুক্ত চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ নিংথৌরেন্দি মণিপুর লৈবাকী মীওইশিংগী মপুনি হায়বা

থম্লি। ৫। লমদমসিগী মীওইশিংনা মশাগী থুংশা হৈবগী থৌরম অসি মথৌশা লাইরেম্বগী মপাল ত্তাংবৈজ কায়রবা থম্লি অদুগা ইনিংথৌ অমিনা প্রেমাগী মকমদগি লৈথাংবা থোংলি চায়রবা থম্লি। ৬। হান্নংগৌ অসিদি মৈতৈশিংগী নঙন মণিপুরগী মেক শগাই থুদিংগী লৈরিবা নিংথৌশিংগীসু মপুনি ( মবুংজোনি ) হায়রবা থম্লি। ৭। নাক অনৌগী শগোলদি লৈবাক অসি অশ্বপতি মবুথৌ মার্জিংগী লমনি হায়রবা থম্লি। ৮। মণিপুর লৈবাক্কী মপুংদা লৈরিবা জাতি থুদিং, অমগা অমগা পুনশিনদুনা থোয়দোকনা ফজনা মুংশিনবা মরি মরি শইরে তাক্লিবনি। অদুগীসু মথক্তা থুংশা হৈবগী থৌরমবু মথৌশা লাইরেম্বীগী মপাল তাংনা-তাংনা থিংথিরে, মখোয় তংনবা লৈত্তে হায়বা থম্লি। ৯। বর্ম্ম লৈবাকনা (কাবৌলমতুনা) মলম পুম্বদা মায় পাকই অকবা ওই হায়রবা তাকই ১০। মথক্কী অশেংবা মচুদি লৈবাকসিগী মীদি মতম পুম্নমক্তা চাঁথোল-নাউথোক্লি ঈই, তপই, হায়রবা থম্লি। ১১। মথাগী সনা ফিগে মচুনা থম্লিবদি চংজরবা মীদমক থৱায় কংলি অদুগা লমদম অসিদা লৈবা মীওই পুম্না ওইরবা পুম্না থাদোকই কথোই হায়রবা থম্লি হায়বসি লৈনবিরম্মী।

অসিগুম্না ইজাতিগী লৈজরবা লৈবাকী ওইবা মার্ক্সা কিয়াল অসিমক পাদিবা ওইনা শকথম্নরবা কিরাল, মথক্তা পঞ্জরবা ১৫০ অসিগী মনুং চল্লমদবা অসিমক এথৌবগী ওইনা লাইবক থীবনি হায়না লৌনিংই। অসিদা নত্তনা এথোয়গী মৈতৈ লৈবাকপু শক থম্বিনবগী হীরম কয়ানসু লৈরি হায়না পন্নিংই। তোবমক্তি মতমগী মাওংনা হোংলকপগী মতুং ইন্না মপাঙথৈদা নিংতম্বা লৈবাক মচা অপিকপা ওইনা লৈজরক্রবসু মশাগী ইজৎ সন্মান অমনি লৈকম থোকপা মরেক্তা, লোন্দা, সাহিত্যাদা, কলাদা, শিল্পদা অমসুং মথৌনাদা লৈবাক অতৈদগী করিমত্তা শোথদনা লৈরকই। নিংশিংবিবা মাই মহু দি তারতকী মনুং চল্লবা টৈরিটোরিয়েল ওইনা লৈরুরবা মতমতমু

ঐথোগী তোপ-তোপ্পা ষ্টেটকী ওইরবা শিল কাওবা লৈজরম্মী মওংদু থজিক্কুং পনবা তারবদা পাথংবগী মূর্ত্তি, মমৈবু ময়ান চৌকপা মওংদা ইং-লিসকী T মযেক C মযেক্কা অনিনা পাথংবগী কোল্লিবা শাথেকী মরক্তা হাপ্লগা মথাদা ইংলিসনা Manipur. হায়না থারি অতুগী মথাদা অমুক সংস্কৃত মযেকী "ধর্ম্ম সত্যেন বর্দ্ধতে" অসুম থান্নুনা চংনরম্মী। অসিগুম্বা শীকচরবশু ইরৈবাক অসিগী লৈজরম্লবা ফিরাল অমসুং লৈবাকী ওইবা শিল, মোহর মথল কয়া লৈজরম্বা অসিবু পৃথিবীগী জাতি কয়গী মরক্তা শক শঙবিদবা অমা ওইথিবসি লাইবক থীবনি অদুম-কপু ঐথোয়গীগু লৈরম্লে হায়বগী প্রমাণ পীননবা লৈখিদ্রবা পণ্ডিত-না ইজুনা থম্বিরম্বা আসনা মচা মশূ ওইবা ঐথোয় কয়াগী মিৎ মীকোং ওইনব, থম্বিরম্লগা লাওরিবাক্তা লাই ওইনা লোখৎসিগী মরমদা ঐথোয়না তৌবিবা থঞ্জনা উংপা ওইনা ঙাসগী নিংশিং পালন অসি পাঙথোকচগনি মরুম অদুনা মথোয়গী মকমদা থম্মোয়গী শ্রদ্ধাঞ্জলি কচরি।

# চোথে থাংমায় পাখঙবা

খুলেম চন্দ্রশেথর সিংহ।

চয়াচে কে লিকলায় ও নকালনোং মমুম চোথে সুন্তুক চাঙল য়ুম চোথে মনিল নইনা পালকউগী বাপু হৈবা লাউনা সৈথিরকখে। চোথে থুনপু থুললাকপা পায়মা লিনগোইগী মযোম মদোম সাং-বি থমলাং তাউবিনা মপনগী থালনে লৌঙাকপাবু কৌরৌ সিংপুম থুংগীবু সগাই পাবল থকতা থালৈ লৌঙাকপৈদা তুপি পাখঙবাগি খোয়য়ুম মসাংলরোলবু লাংরোল অখোয়বাবু ওয়না সুরা চনরানা থালনে কৌসঙ লৌঙাককংদা কোরৌ সুমিৎ মাদা য়াংলৌ পাদাক ছলনকতুনা চিঙগোই পাউমেলকই হায়দবরা। চিঙঙু মসাবিদি খোঁয়য়ুং মসরোলকিনিনা সুবা পায়মা খোয়দাকরাবাগিবু লিকলাং খোয়দাকরাবাগিব সুঙরোলুইয়ে অড়ু নোংগী নমু চেঙকৌ সকওয়বা হৈনা মরো তুবি নমু মসারোলব লিকিনা য়াথং থোয়মা অমেঙবানা নিংথোল মঙ্কায় ক্ষমদা য়াংতৈবকলে।

পাখং মোংবা মরাল য়াইদা তেংনা থিয়কাসে কায়না রাটমল-বদা সুক্তা খোংদা নোঙগিবু হোইয়ারায় হায়দাবারা অসুম্বা কোরৌ-নঙবু য়াম লোইতাম থাজলোলনা উনবি পুকতিননা মপল থালনে গাই পাবন কৌসঙদা সুঙংয়াল য়াবু পাউমেনন'রবগি হৈরাং নচানা তাউচিং লালহায়ননা লৈয়কপাদ কোয়ৌ সিংপুম অমাদা সাংলৌ থমলাং তাউবিনা মথংলেনগীদমক্তা ময়াম মোংবা য়াইদগী রা চয়োমলকপবু তরা চানি হায়না মথংলেনগী শামু শংদা তরা য়োম খোকনা তারা চাগিনকে থৌরাংবহু খোয়ুম মসারোল ওয়বানি-কন চিঙঙু মায়য়োকফদবা পোৎপু সংলৌ থৌরাংঙমলবগি তুপী থঙপতি লাউনা খোঙনা চিঙঙু মথিনাই খোয়য়ুম মরাং হৌনা

চোথে লোকচপ অস্নুকপা লোইপি থুডেং সাবা লমচা মশানা চিংগোই পাউতমঙমতানা তুপি খোংশানখিরে হায়ত্তাপারা। কেরো সুমিৎ মতি অশুমনা মসানৌনা জাংজা লাইখঙনা মশাবু চিংগোই পাউ-ফেলনাতানা হুচা মতোম লৈতৌরবাগা পাম্‌মা নুংখল তৌরে। ইসাবু ঙুংচানবা করি থৌতো ওয়বাবু তৌখিবনো হায়না নুংশংলাবগা তরা মাস্নুং চাওমতানা মোংবা মরালয়াইতা কলয়াইরকলে। অদু কৌবা লৈন সোয়া তৈনা ভাল্লাপাগা খোয়য়ম মসাপিস্নুং য়াংতো খোংদোই হুললকলে। মশানৌস্নুং থংদৈ লোসঙ্গ তমনা লৌভাকলমবাবু পাউ-মনলে হে ইসাবিও নাসানৌ ঐনা তরা চায়োম থোকনা তারা চামিননাসে পৌরাংজাবাবু ইসাপি করিনুংশিবু য়াংদো খোংদোই হুনখিবনো হায়না পাউখেললাবাতা মসাপিনা পাউথুমলকলে। ইসানৌও পাখঙ করিনুংগীবু হুলাদে নিংতোলগী তারা চায়োমনুংদা সংলো থোরাংবাদি ভিলহৌ, চনম, য়াইঙং চুনাইবাবু চংলো মিংখিংলবদা অকি তুচুং পোকনা নসাপি ঐতি লোইপি লোকচপথিনা খোংসাললে। নিংতোল পাউতাক ঙংফাদেয়ে হায়না মসাবিনা কোলোই পাউমেল-লাবাকা আমরুকসুং পাউ মললকলে। হে ইসানৌও সংনৌ নঙকি পাময়া পিপুক সুঙত খোয়চি খোমথা মিহুলতব লাকপৌ কিখাল তোইনা কুমসিং নাউপুব অসিস্নুং নপায় অখোইবা অমাপু পিনারা-ইঙনে। নসাপি ঐদি ইসানো নঙকি নকায়রুম অসিদা য়াংদৌ খোংতোয় হুলঙমলারোইয়ে হায়না মথঙলেনকা কোলোয় মপাউবু তারবদা মখোয় থগলাং তাউবিদি নুংয়োল থোকাউরাবাকিপু সায় থুদাং পিকমতৈনা য়াহমতৈয়ে।

হে ইসাপিও নশানৌ ঐবু কদোনোংগিবু থৌকাউপিপানো লংজা করি য়াপু লৈবানো হায়রবদা মসাবিনা লাউমেললকই। হে ইসা-নৌও লংজা করি য়াপু লৈতেত্রে হায়য়াবাদা ইসাবিও পোইবে করিদম্ব লৈবখো মোংবা লেপনা য়ুংতাকপিয়ু পাচা তাকপিরমউ সালাই

থুমথোং আয়েপপাবু তাকপিরু নপারি ফংজায়াবাদা পাচা তাকচম-লোইয়ে শলাই পিঙংলোইয়ে মপল পনখোগি মায় মখোঙকুনপু লিংঙমলোইংয়ে হায়না খমলাং তাউবি মসানৌনা য়াইমজাবাবু চিঙঙ্, মশাবিনা ংসানৌদা পাউমেল্লমই হায়দাবরা। হে ইসানৌও নঙগি পায়মা পিবুক ফুঙগি নপা'র অসিনা অচাউ লেপতম কায়বতা, নসাখি ঐগি মায় খোংকুল লিবকংপিক নোংলেনগানা পাংবাৱমনা নপল পনখোগী কায়রৈ য়ামপোলম্পুংদগি কাবৈ য়েনলম তরেংপু হাউসম, তুংতা পোনা য়েনলম ত.বংমাবু পুনা নপারিবু খুঙ্গং পাজোই লাকনা য়াংদৌ খেঙ্ংতয় হুনলকউ। কায়রৈ য়েনখোং ফমবা মকমদা নসাবি ঐনা য়াংলৌ লমমা খাংদা লমংয়াকলমগে হায়না পাউমেল-লমলাবাগা চিঙঙ, মসাবিদ খোয়য়ম সানথুপখিদে কায়তাবারা। মসানৌ থগলা তাউবিত্তি য়োয়মায়াই মতাং তেনবানা ময়ান ওন্দে-য়বলে মোংবা কলয়াইয়কলে মপল থয়াই খোগানদা পালেম মমা পোকমাবিনা মমোম চেংলৌ সকপুয়ংনা পলেম য়ায়া চিংগোইন-য়কই। ইমোম ইবেম্ম নপলগী থালনৈ লৌঙাকলুৱাবু অয়া হুইসোল লাংবরা। কেয়োই ননাংবি কনানা লাকচ থুহুম চনবাবু লৈবারা হায়না য়াইংবাবু মমোম কোলোই পাউখংজরে পলেম পোকমাবি লৈকায় ইমায়বি কনবু য় বা কায়ন চনন দে য়োইমায়াই তৌদনবাগি কোয়ৌ মৈশালাং য়াংবল মৈসা থাংবাগিবু চেংলৌ সকলাংসিনবানি হায়না মামোম পাউ.নল খোনগিবু ময়াল মোংবা য়াইদা খেংগো-ইখিয়ে। অসুমনা লোইদাম মনুং ওয় লালাংহৈ কুমসং সুরাবা-নিগিনা মপারি নারা থাদা পমলবদা মপল পম্মৌ মযুম চোথে থুলপুদি মমোম মদোম সাং মপারি পোমদা নোংগিবু লোইবি খুনপুমাংদা তাংজা মাইথুমলে ইকায় লাংথুনায়বাগিবু খৌয়াংলকখিয়ে। মসু নারা অপিস অসিবু থায়াই হামচংনবা মিয়েল হামফোইননা খমুং ইনতানখিবাবু খোয়য়ম লাইনিঙ ওয়না নিংখললে হায়বাবু মমোম খমলাং তাউবিমুং মপারিবু য়াংলেন মিকুপ অমাবু মপারি

উথা থা পামেল উর"না ননলাবনিগিনা থমঙুং মচৎলম সাবা পন-গেললমবু ইনতাখি'র কায়তাবারা। চোথে মপুমাদি মোংবা হলরাই-রকলাবাগা ( মামোম ) পালেম মমানা হে পঙ্গোও নম্ম নাবা মাবু কদায়রম থৌঃ'শিবনো কায়না পাউহংবাবু পঙ্গো মপানা হায়য়ে।

নাবা ইস্ত অপিসক'ত মপু চৈনা তুংইনদে লোইবি থৌচৎ য়'উদাবনে হায়বাগিবু পলেম মনা পোকমাবিনা কৈরোই চেনন কপ হুমথোং চৈনা হং মপারি নাবা অপিসকপু অহিং ইমুং সোয়মা য়াইদা ময়ুম চোথে য়ুমবুম কাংলা মপারিবু খিঙমদরবগী মুজা পাংগল বাৎ মপল পঙ্গোগী মরলয়াক পিথ্রাইগিন য়াঙাকা থোংত্রাইবিনা নাউস্তম কদা থোংলেন তুমথুন তানঙমদনা মিৎসানা তরংহৌ চিংচুম লাইচা কফুংথোক খিংঙেল লাইজা ইনম খাইবগুম মপারি নাবা মিকৌ তোকনা পলেম থোমলাং লাইজা ইকৌরকপগিবু মপারি কাউঙমদনা পলেম তেংথা তেইন মকপলে কায়দাবারা। অসুম্না মমোম খম্লাং তাউবিনা মপারি কোন মিকপপাবু পঙ্গো মপা পোকমাবানা থৌথামলকয়। তা ইমোমঙ নিকপকনো চিংঙু নোংদমনে থোময়িঙ মাগি মথৌজানবু ইমুং সোয়া চেনা তালবাগা নাবা মপারিবু কৈরোই পম্লাং লানন হোয়াখসে চায়না মমোন নিকপ তানববু মপল থৌথা-লকসে হ'য়দাবরা। মপল পঙ্গোগী পাউমেলথোলবু নমোম লৈমা থমলাং তাউবিদি মপল য়াবা মাবু তোপনা হুসলামলময়ে। মপারি সেৎনা মৈনা মুজা লকামুংদা খামবি মৈহো মমুং তমদবগি ইমুং সোয়নয় ইদা নিকপলে হায়দাবারা। অসায়ঙৌক নাবা মপারিতি থমমুং মথোংচিন সাবা পলকেলমুরাব মপল পঙ্গো পোকমাবা চিঙঙু লোইতাম থাজা পাখংবনা থমমুং মথোংচিনবু ইনতানলুবগি মপারি কোলোই মিংথোং তারিপা নাবা মাগি য়াইপি থরাই মঙা মাপু হামখোইদানা মিরেন লাংথুকাদাবনিকিন। থমমুং মকোই লাউরোনপি অমল খামলয় পউথেমাপগী মপারি নারাপু মানা মপারিবু মমু নমদা পোনা নাউথেংলমবাবু থমমুং লাংরোলম সাবা পনকেনবায়মতি

কাংজেইরবতা মপল লমহৌক লুবনো চংয়রাপাত' খোংঙাক মফি খেলতা মপারিবু তা-ফংলগি বু সামু খুৎন ফংনা য়াংহৈরি অচংবা চৈরে কি খাউঁগানা। নিঙমচবককপে হায়রভপারা অসায়ঙ্গবকি চোথে ঘুং স্বক চিঙভু খোয়রম মপারি নারা অপিমকপু তলা উখা থানা পামেল উরাং তাখয়োম্রবিবা অড্রবু তল' উয়িল ভমনা মপারি থাদ' পমনা নারা য়াইবি মিকৌ তমলবদা মপারিক তারপঙ কলবাইরে।

মপারিবু চিঙগোঁই পউমেললকয়ে। হে নারাও নপল ঐন সামুনবদা পোনা পলেম নমা পেংকংবী কেয়' ত চিন খকক নপল ঐনা থিললমসে লোইবি অঙনবা তেমব' পুনাল পিবা অসিবু পারি নঙপু খিলকে লাউ লাউ হায়না মপল পন্থৌগী য়ারা খোন জেননা মিকৌরকলবাদা মপারিতি খোমলেপ ভুমথুম তানকুমনা নারা মিকপ খোককুমপাপু পায়মা সুংপঙনা মপল চংলৌ সকথাঙশাপাপু নারা চিঙনা য়েংনা তাংলৌ থেংবাবালয় কোলোই পাউভম খংভামা পুমঙকলে হায়ত'পারা। চিঙভু মচৈচানকিপু মপারিতি পাউ-মেল ভমকাংরোই হায়বগিপু হে নারাও অকি ভুচুংলাগাপু নপল ঐদি পলেম মমা পোকশাপিকি কৈরেই মপুং লোইনে পলেম মমানা নারা নংবু লৌরু হায়না খৌ শংকপ নে হায়না মপল পাউমেল-খোললগিবু নারা মাদি হোয়য়াংরে। অছু নোংগীদি মপলগি মঙল থঙহলকে হায়বাগি তলা চাউদমবাবু উ পুরে। পামেল সাংদমবাবু পুনা মপু চোথে থুনপুগী সুনায় মথোংপোম থৌবোম তাংবারাই তালা উথমপাপু চিংঙভু ভুবি য়েক সোয়তাপানিকিনা পলেম মমা থমলাং তাউপিসুং মপল পন্থৌ মপাস্বং অকি ভুচুং পোকনা তাংজা লাইথঙনা থোং-লোন মপৌরোলপু হাংনা মিৎয়েং সানথৈরকপাদা অসায়ঙৈকি তলা চাওতমপ অতুপু পামেল মানা রাৎঙনা সুমাই মথোংপোমদা লৈঙম-লাবনিকিনা করিনো হায়না অকি ভুচুং পোকনা নিংথলপে হায়ত্রা-প্লারা। চিংঙভু মথোচানুনা কুপিরাপাতা মপারিনা হে পন্থৌ পোরবৈ

করম্বা নংবু নরাগ য়ুম তাবানো কোলোই করিবু কৌগনো হায়না নারা পাউমেলবাগা পলেম নমানা নপল ঐবু তা সকপনে হায়না। চঙঙু মাতি সানথুপথিরে। মপারি নারা মাদি পলেম য়ারা মাপু খোনথাংবু নাকোং-ঙেনবনথেহবা নাকনা পলেম নকত চঙব চেংগী অকউনারপাতা মপা-রি থাইনা মমন নারা মিংকী ফৌরবা পলেম মমানা য়াঙগলকলে। ইমাগি খোপিস নারা তাংলো অকৈ থেংবদ পারি কনাগাবু নোংবা হলরাহরকপনো হায়বাবু মপারি পাউজমচরে। পলেম লোকমা নভাক কৈরেই মপুং ওয়না তমবা সকহেন থোকবা মান, পলেম নঙনা খোসিরকহ হায়না ভালা কেকতা খোংনা নপারা ঐবু নমতা পোনা হয়াল ওন্দেরকহ হায়ববু অওসুং মদোমংদ্রে পলেমঙ। তশ্ব অদুদি পলেম নংগী কৈরোই মপুংনে হায়রে নবাল য়ুম তাকলমদে পোরৈ খুনথোংশু হায়-পিদেরে। পলেম নঙনা খংবানিবু হায়বসিবু ওমপা মরল য়াইতা খোচংসে হায়রবাত পলেম মমা লোকমাবিনা মপারিবু সমু নমদা সিংনা হে হপারি নর নংবু নপল পলেম ঐগী খোমলা লাইজা ইনে হুনবু পুচদেরে পলেমগি কৈরা তাকন খকতা খোমলাং খোয়-রোংলংরো হায়বাবু মপারিনা তশ্ব ময়ুম নাকপু য়োক্রিমখৈ খোমলাং মাকয়োকনারোইরে।

হপু মরালয়াহ অসিদি নপরি নৈঙমলাইরে। তমবা মাগী মরাল খোংদোয়সে হায়না হুঙ মিকপলে। হেকতাই মপাউ চাউ-রাবানিগীনা মপল পলেম পোকপবিগী নহালনোং মসাবিনা পাউমেললমবা রাবু থোরৈরবা কাউরুববু রানিংসিংনা মপল পন্থো মপাবু মপারি সকউনরে হায়ববু খলনা মপলগী কান্নবৈ য়েলপোলংঙদাগি য়েললম তরেং পুনা হাউসম তুংতা পোনা মপারিবু সামু খুচেং লাকনা মশানৌ খমলাং তাউপিনা নোংলেন থানা পাংবারমদা য়াংতো খোং-তোয় হুল্লকপবু ময়ুম চোথে তুংওয় নাতৈ নারমলে হায়তাবারা। য়াংলো লমসং চংনা লাকপদি ইমুং মথৈ বাই লোয়রা তমলোন তানগে তৌগুমলকলবদা সোরারেননা খুনতারাই খোইরিকাবা খুনতাকম

মম্নুম কেকে দামকোরপুঙ রোরকদবদ। খমদাং জাউপি মদানৌগী দমু মমজাগী মপদ কায়নৈ রেদদম জরেংনা সাকদ ভুকাং ফুনা কেকে খোং জমদকদবাদা মসানৌ খমদাং জাউপিনা মখংলেনবু কৌজরকাই। ইসাবিঙ নপারি কোদোই মিংখোনবিরো নগাদ নোংদা কোদোই পাউমেনবিরমখবু নপানৌ ঐদি জুম্মা পায়মখেন নিংজোদ নোংজমখিন। পামু নংগ চেংলো সকউজংজারে হায়না কৌজরবদা জুপি রেকসোইদবানাকনা চিংরাং কাংনা সাকোদবু মপারিতি নারা সোকিবান। পলেং পোকমাবিদ। কোননা নারা মিকপদকপদা মসানৌনা পাউমেনজরক দ ইসাবিঙ নপারিদি নারা পায়ম রাখদ খেনবানাকনা চিঙঙ্ নসো চাউববু নারা দোংকিরে। নগাদ নোদা নসানৌ ঐবু সমু  কতা খানা জাংবং সকওই চংখোনবজুবু ওচনা মপারি খাদা পম্নন কোদোই মিংখোনবিরো হায়না পাউমেনবু চিঙঙ্ মাপংফোংনা মপারিবু উরবাদা ) চিঙঙ্ মচন অরাবরু ভুাব সাকেংবাবু কনচনা নমু পানজমদাকনা মপারিবু চরৈ খাতাংকোন কোদোই মিংখোনবিরে। রপারি নঙ্ক কোদোই মিংলেন চুনাবাদি চোংখে খাংমৈ পাখংবাও তৌনা কৌনা ময়ুম কে কে দৈমাবরু ওয়রেবোরে। হায়না মপারিবু চিঙঙ্ সখৌজ্ঞাননা দনকুবিরমদাবাগা ময়ুম কেকেনা ইরাং পুদিকদাই খিংকিরি নাচৌউবাও তোনা কোনরোৌয়ে। অহু নোংগীসুং মদোমজন চোংখে খাংমৈ পাখংবাও কোনদি মপদ পস্থোনা মপারিবু কেদোই মিংখোলদমছেনে।

———

অহৌব অশৌ পুম্নমক্না পংনা চংকরোই, কৌশিমগা চংগ-নবনি। নিংথৌনা লম থোকপা তাবনদি য়োংইবু য়োইহৈনা লাক-তোক্লা, কৈদানা শঙ্‌ই পেনবদা ত কনি, অচুপা য়াইরেক শঙ্‌না শঙ পান্নবা থিবিক্তা নংগী নংগী থোগল শোয়করোই হায়দুনা পাও চেনখনি।

লৈমা নিংথৌ অনিনা য়োংইবু য়োইহৈ পুম্নমক্না ত্রিমচুনা লৈ-মিহৈদা কোম্বুংদা তৌগদবদি—অহিংদি লৈমা নিংথৌ অনি মদাইদা লৈগনি। সুংথিলদি চু অয়াবা থিবিকীনে। মোলাই তোংবা, শগোল তোংবদি সুংথোংদা থাইরে। হাজারি মথিমাদি কৈথেল লালমি থোঙদা থাইরে। কাঙ্গপান্নবা পুরেমা চাংবৈরোংদা চাংতাদা, লাংজাংদা, থোমিতোক্লা থাইরে। মোইরাং নিংথৌনা য়াইস্কুল থোংদা থাইরে, শগোল দোলাই থাকম পীবিবা মকমশিং অমিনগী হেন্দোকপা হ নে।

কৈ কাবগী মনা পীবদি—মী ১০ না কৈ কাবশুং মনা পীগদবদি অহনতনি। ১। লৌ অমা থুব নাম্না পীগনি। ২। থুম নাম্না কি মথাই পীগনি। ৩। থুম নাম্না থাইবীগনি। মৈতৈ অলেবগা লেনা থোংবগা আনমক্না অমত্তা ওইনা লনা থোগল কম্মাং চঙবদি য়াকৈরোল শকই। লাইতিনগী ওইগ্র শকএ, সনা লমরোক শকএ, লানকা লমরোক শকএ। অহিং য়াৎরোনবা, নংমাই খোনলোল শকই। নিকোল থাগোল শকই; তেংথানচিংবা মৈশৈ অয়াবা শকই।

তখেলপুং ঠৈবগী মসিল থৌগলদি নাকানা মৈএ, লাংতে পুংতৈরব, দেগ দৈর চাবাবা শৈরুনা লগোই শাইএ। মী

খোংলোংলবদি পুথনা যাত্রা থৗনহল্লে। লাইগী থিনগী হয়াউবদি পুথ লৈএ। লাইগী পুংজোম থৗনা লৈএ। পাওলনা পেরে সিংকা খোঙগনি। নোংমৈ থাইয়ে, সা-লান, লাই-হিংচাবা কন্তুবনা কিদনা চেনখিয়ে। শাওব লানথম্বগী পুথ লৈথনে। পেরে সিংকা খোঙথনে, নোংমৈ কাম্নানে, মখোল মরোল খোংকহনগনি। মসা খোংলোংলবদা যোইবুং, তোম্নি, পেনা, বাশি খোংগনি। অমাম্না চৎলবদি মাকানা লৈয়ে

খোপানতোংনা চক্ষু উম্মাল শাগনি। চক্ষু শাবদা খেৎনবা কনেক থনি কোকথুমাক থনি, থুকউথাং থনি, লিশাবদা কি অমা, লৈথ চিংবদা কি অমা, লৈ য়েংবদা কি অমা, লৈকাথবদা কি অমা, লৈখোৎবদা কি অমা, মসা লিকক শাবদা কি থনি, লাইকল কক শাবদা কি অমা, পণ্ডিত্তা কি অমা দথিনা খেল লিসিং মঙা, থাং শাবদা কি অমা, কোনশাবদা কি অমা, অহৈবদা কি অমা, সেল শাবদা কি অমা, অয়েকপদা কি অমা, সিল-মাইথদা কি অমা, খোয়রেল থাং শেম্বদা কি অমা, য়ানফি কোয়ফি শাবদা ফি অমা, পাইজা সুবদা কি অমা, থাউতেমদা কি অমা, মাকলপমদা কি অমা, শাকপগমদা কি অমা, মাউ-রোইশমদা কি অমা, অশাংবমদা কি অমা, অয়াম্বমদা কি অমা, তোইপিচমদা কি অমা, য়াংগোলশংদা কি অমা, য়াংগোল কৈরুংহনবদা কি অমা, মাপু মিৎয়েংতা কি অমা, সিঙ্গুবা মঙাদা কি মঙা লোইকাম্নবা কমতা কি অমমম পিয়ে।

তানৈয়বগী খোগলদি পুংজা লৈএ। অশৈবা লোইশঙনা লাই থিম অনিমগি লাইচং থিনচং থৗনা তেংথা মৈপৈ শকান।

চৈরাউবা দুমিত্তা চৈরাউবা লোইয়বদা লৈপাক নিংথৌ মরা চেৎননবা হায়দনা খুলচা নাইজা অনিমা অডবা অথৌবা, সাঃচিং লামচিং সংলেন লাকপা, কৈরুং শেল্লুং চৈরাপকী ইতুলিং পুরম লোংথোন অচৌপানবা গুরুনচিংবা পাচা অমাই অশৈ য়োইরেল শত মরিমানচিংবা শতপালবা অয়াবা খিবিমক নিংথৌগী পোং-কৈকমদা কমদনা চহি অচুগী কত্তবাওদি চত্তনবা লাইথুল তিলথুল য়েলহনগদবনে। হয়াউনা মহারাণীবা লৈরোল মাপলবু তাংইগনি। দুপী দুপা অনিমা হয়াউনা সায়গনি থোচৎ ইচৎকরোক।

কোংবা লৈথোং কাৎপা কৌবনি গুরুনা থা ১২ মকী কত্তববু কাথোকদুনা লৈরোল মাপলদা চৎহনংবে হায়বগী লৈথোং কাৎপা কৌই। শক্তিবু লৈখুন কুমবা চায়বদি গুরুনা থা ১২ অসিদা কত্তবা লাই হিংচাবা মরামবু অকোবা অসিদা কারহনা তাইবং মীনপু পোং কয়দদা চংগনি হায়বগী মচিকু লৈখুল কুমবা মেল মেলবা কৌনা মথিং থোরখিয়ে।

মতৌ অম্রয়া লৈবাকী অকবা চাউখৎ থৌরম কয়াদ', শা লান্দা অমদি লৈবাকী উপদ্রব থোক্লকপা মতমদা অমাই লোই-শতনা ইরাৎ পুজা তৌদুনা অকায় অতোইবা কয়া কোকপিমবা ঈশ্বরগী মকমদা হায়রৈ। শয়া হায়রবদা লৈবাকী শেম-শাগৎপদা মাইচৌশিংনা চাউরবা থৌদাং য়ারি। মরম অসিনা মাইচৌশিংবু নিংশিংবা ঐথোয়গী তৌদবা য়াত্রবা ইথোমক্ক।